# LANGLOL

or

## A Collection of Moral Lessons in Archaic Manipuri

BY

**WAHENGBAM MADHAB RAM SINGH.**

EDITED AND TRANSLATED INTO MODERN MANIPURI

BY

**WAHENGBAM YUMJAO SINGH.**

*Authorized English Translator for the Archaic Manipuri Research Works.*

*Second Impression*




PUBLISHED BY MANIPURI SAHITYA PARISHAD.
IMPHAL
1966

# LANGLOL

**or**

**A Collection of Moral Lessons in Archaic Manipuri**

*BY*

**WAHENGBAM MADHAB RAM SINGH.**

**EDITED AND TRANSLATED INTO MODERN MANIPURI**

*BY*

**WAHENGBAM YUMJAO SINGH**

***Authorized English Translator for the Archaic Manipuri Research Works.***

*Second Impression*




***PUBLISHED BY*** **MANIPURI SAHITYA PARISHAD, IMPHAL**

**1966**

DEDICATED TO

REV. WILLIAM PETTIGREW

OF

THE AMERICAN BAPTIST MISSION SOCIETY

IN APPRECIATION OF HIS LABOUR IN

THE CAUSE OF THE MANIPURI

DIALECT.

# লাইরিক ফোংদোকপগী বাহৈদোক

মীতৈরোন অরিবগী লাইরিকশিং অসি করম তৌরগা মুংহন্দবা রাগদগে অমসুং করম তৌরগা মী অয়াম্বনা পানগদগে হাইনা নিংজরকপা মতম ফনা কুইরে ; হাকুম অহ শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর শ্রীচূড়াচান্দ সিংহ সি, বি, ই মহারাজ বাহাদুরনা রাজপণ্ডিত শ্রীলোংজম গোপাল সিংহগা লোইনদুনা মীতৈ লাইরিক থরা ইংরাজী লোন্দা হন্দোকউ হাইনা সনা য়াথং তাকপীবা অমসুং মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেব মিঃ এল, ও, ক্লার্ক I C S বাহাদুরনা লাইরিকসিং অসি থরা ভম্বগী মথৈ থিজিল্লু হাইনা তাকপিবনা লাইরিক থর থেংনজরে । মরম অদুনা মীতৈমচা ইবুংঙোশিংগী মকমদা লাইরিক মচা অসিমতং কৎচবা হৌজরি । ইবুংঙোসিং অসিগী খৌজাল নত্রবদি লাইরিক ফোংদোকচবা ভমলমমোইদৌবনি । মুংথিগদৌরিবা লাইরিকশিং অসিবু অপংবা ঐনা থনজবদি ভম্বগী মথৈ ছাপা নমথোকলবদি থরগী মথৈতসু লৈহৌগনি হায়না নিংজৈ । ছাপা নম্নবদি মীতৈ ময়েকমকনা নম্বনা চুমই অদুম্নদি ওইরবদা অনৌবা ছাপা ময়েক অমুক হৈগৎপদসু থরচা য়ামগনি অদুগা পাবিনবা মীসু থর তাংগনি মরম অদুনা চৎনরিবা বাঙ্গালা ময়েকনা নমজরে । লাইরিকশিং অসি থোমজিনবা হোৎনবমক্তদসু থরাই হকচাং অনিমক কয়া অমা নোমদবা য়াদে, অদুদগী হেন্দোকতুনা শেলসু পামুবা লৈজনা পীথোকপা তাই । মরম অদুনা থাক থাক কাথৎপনা চুমগদৌমাদে হাইনা নিংজরে ।

লোল অসিগী ব্যাকরণ অমা, অভিধান অমা নিংথিনা লৈরবদি য়াম্না কান্নগদৌবনি , ব্যাকরণগী লাইরিক অমতা থেংনজিন্ত্রি অভিধানসু লৈরমগনি হাইনা নিংদে । মরম অদুনা লাইরিক মচা অসিগী মমৈদা অকবা রাহৈগী অর্থ হাইদুনা লাইরিক অসিদা য়াওবা হজিককী মীতৈরোলদদি চৎনত্রবা রাহৈগী অর্থ থর পীজরি , মাসিনা লাইরিক

অসি পাবা মীগীতস্থ নত্তনা লাইবিক অইত পাবদস্থ কান্নবা য়াই হাইনা নিংঙৈজে। ব্যাকরণগী মরমদস্থ পথাপ অর পীবন চুমই, অতুম ওইনমক আমেরিকান বাপটিষ্ট মিসনগী রেভঃ পেটিগ্রু সাহেবনা মাসিগী ব্যাকরণ অমা লেংগদৌরি, এনা পথাপ অদু হান্না পীথোকতুনা পেটিগ্রু সাহেবকী ব্যাকরণ অসি মনথে কনিংঙ্রে অতুম্মদি ওইরবদা লোন অসিগী অহানবদা ফোংদোকপা লাইরিকতি লাইরিক মচা অসিনা ওইরবনিনা শুপথং খংদবা য়াদবা ব্যাকরণগী পথাপ থরতংভ-দি হাইবনা চুমই :—

(১) হুজিক চংনরিবা লোন্দা কারককী মঙাগুবা বিভক্তিগী খুদম ওগী অসি থাইনগী লোন্দা পাংন থোংনাদ, মাংসিনা মহুংদা তা অমস্থং কী অনি অসি তোঙান তোঙান শিজিনৈ কর করিগুম্বা মফমদা ওগী, হাইবা বিভক্তি অসি পুম্নপন শিজিন্নদ্রু থংনবদি থেংনৈ। "তাংজা লিলাথিনা গরুড চেক নিংথৌদা চাইথোকনৈ" "য়াবা কোনখাংশাগী নমু পোংথোক মথংলেংলা থেংতমলকপা।" লাংলোল।

(২) অর্থ অমতা থংহনবা রাহৈ অনি মফম অমত্তদা য়াম্না তোইনা শিজিন্নগল্লি। মাসিগুম্বা মফমদা মথককী রাহৈনা থাইনগী অরীবা মথাগী রাহৈনা হুজিককী চংনবী ওইগল্লি. মীবৈবাককী রাহৈ লৌশিন্দুনা হাইরবস্থ ইরৈবাককী রাহৈনা মথাদা অমুক হন্দোককল্লি। মাহুদি "নোইন্ন থুমজা মাইঙৌবী," "কুমার ফুসবনা" লাংলোল।

(৩) করিগুম্বা রা য়াম্না শাংব য়াওরবদি কর্ত্তা অদু হান্না অমুক হাইদোকলগা রা লোইরমদাইদা ক্রিয়াগী মনাক্তা কর্ত্তা অদুগা অর্থ চানবা রাহৈ অমা অমুক শিজিনৈ। লাংলোল লামাই ১৬ শুবা য়েংবিয়ু।

(৪) Subjunctive mood কী খুদম বদিগী মহুত্তা কিদি হাইবা অসি শিজিনৈ। "লাইগী লোংদম লৈ হাইয়্রিকিদি।" লাংলোল।

(৫) ডোন্দা হাইবা শব্দ বিভক্তি অসি থেংনদে।

(৬) গনি হাইবা ক্রিয়া বিভক্তি অসিস্থ থেংনদে মাগী মহুত্তা থৈঙেনি হাইনা শিজিন্নে। "মরাল লোলযুম য়েংনা রা হাইঙেনৈ।" লাংলোল।

(৭) তুনা হাইবা অসমাপিকা ক্রিয়াগী মহুৎতা গী শিজিন্নে। "থাজা খুরাং কোন্না ভাকচাভমদবগী" লাংলোল।

লাইরিক মচা অসি লেংবদা পুকনিং থৌগৎপীখিবা ঐগী মরূপ মপাং পুন্নমক্কী মমিংগী মথৌ শীংথানরবদি লাইরিক য়াম্না চাওখিবা তারে। মরম অদুনা মথোই পুন্নমককী মফমদা হন্না হন্না থুরুমজরি। রাজপণ্ডিত লোংজমগী শ্রীগোপাল সিংহনা অহল মতম ওইরবদা ঐগী চৈশো পাম্বৈ ওইবিবা অদুদি অমুক শীংথাদুনা লোইররোই। শ্রীমান নাম্বৈরাকপম তর্পণ সিংহ পাণ্ডিতনস্থ য়াম্না ইতেং পাংবিখি। মরৈদা অর্থ হাপচরিবা অসিগী ময়েক মথং মনাও লেংথবা অসি শ্রীমান কৈশাম অঙাংজাও সিংহ শ্রীমান যুমনাম গোপাল সিংহ অনিনা শেম্বনি। অরাল অহুই পুন্নমক কৃপা তৌবিদুনা ভাকপিগনি হাইনা নিংজৈ। ঐনা মথংলে হাইদুনা তৌজবা নত্তে মাংখিবা পামুই হাইবগী মথক্তা তৌজবনি, মবম অদুন। অথ াইনা পুকনিং থৌগৎপীগনি হাইনা নিংজদুনা ইকাহ শেঙ্গোই হাংনা থোকচরকপনি। অরানবা পুকনিং চাবিদব থৈবা পুন্নমক তাকপিরকলবদি তৌবিমন থংবগা লোইননা মতুংগী খুৎনমদা শেংদোকচগে। মথং মথং লাইরিক অতৈস্থ নমজরকখিগনি।

ফোংদোকপা।

# ৺ৱাহেংবা মাধবরাম।

লাইরিক লেংবা **৺ৱাহেংবা মাধবরামগী** পুনশিগী ৱাৱিগা লোইননা লাইরিক মচা অসি নম্বনা চুমই হাইনা নিংজবনি, থবক শংদবনা মাসি মুন্না খিজবা ভমথিদ্রে। ইবুঙোশিং মীতৈমচা পুন্নমকনা লাইরিক অমুক নম্বা ভমজনবা কুপা তৌবিত্নুনা হন্দককী লাইরিক অসি ঐনা শিজ্রিবৈঙেদা লোইনা চংথিবা থোকলবদি অকোনবগী নম্বা অত্থুদা মাসি পুন্নমক থর মুন্না হাপচনবা হোংনজগে। অত্থুম ওইনমক হন্দককী খুংনম অসিদস্থু ঐনা খংজবা থরগী মথৈদি ইবনা চুমই হাইনা নিংজবনা মথাগী অসিতংদি চিথরমনিংদ্রে।

মিংগা লোইনবা যুমনাক অসিনা **ৱাহেংবমনি** হাইবা খংলে কর্ত্তা মহারাজগী মতমদা ওজা অসি মপান ফরমই। শক ১৭০২ শুবদা কর্ত্তা মহারাজগী মঙাইবুঙো নবানন্দ যুবরাজনা নোংচুপলমদা হিয়াং হিরেল থানবা লেংই, মাত্থুদা ময়েংবা বৃন্দাবন **ৱাহেংবা মাধবরাম** অনি অসি য়াওজেমই। খাংফম অসিদা থা অনি চংনা নারক উরকতা হি চিংই; মতম অত্থুদা হাইরিবা ওজা অনি অসিনা **মহাভারত বিরাট পর্ব্বগী** ৱারি মীতৈরোন্দা লেংথোকতুনা মীয়াম পুন্নমকপু তাহনত্থুনা অৱাবা পোত্থানহল্লি। অত্থুগী মতুংদা ৺জয়সিংহ মহারাজ হাইবদি কর্ত্তা মহারাজনা লৈত্রবা মতুংদা শক ১৭২২ শুবদা **মাধবরাম** অসি **গঙ্গাচংব** হাইবা লাইরিক অত্থু লেংবা য়াওই। লাইরিক অনি অসিতস্থু নত্তনা **মাধবরামনা** লেংলম্বা লাইরিককী মমুংদা ঐনা থেংনজবদি **লাংলোন** হাইবা অসিমা **সনামনিক** হাইবা অমা উজরে অতৈস্থু লৈরমথিগবরা নিংজে। **চৈথারোল কুম্বাবা** হাইবা লাইরিক অসিস্থু ভাগ্যচন্দ্র হাইবদি কর্ত্ত মহারাজগী মতমদা অমুক শেমগংলি হাইবনিনা ওজা অসিস্থু য়াওরমগবরা নিংজে। **শামু ফাবা** হাইবা লাইরিক অত্থু থেংনজত্রি ওজা অসিগী মমিংস্থু শামু ফাবা অসিগা সম্বন্ধ লৈরমগনি হাইনা নিংজে।

মানা লেংবা লাইরিক পাবদা ওজা অসিবু নাপল নৈতবা, নোম্লুকনবা, রাথল মুনবা মীনি হাইনা নিংই। মতম অতুদস্ু ওজা অসিগী মতিক মগুণ থাবা মতমদা **"বাকমা শৈদম হেনবা. শৈশেম নাতে থিবদা লৌশিং লৈথল য়াংবা মাধবরাম বাহেংবা"** অসুম হাইনা ইরমহ। **লাংলোন** হাইবা লাইরিক মচা অসিগী মগুনদি মফম অসিদা অমুক থাহুনা কান্নত্রে লাইরিক মশা পাবিরগা থংবি-গদৌবা লৈরে। ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা হাইবা লাইরিক অদুদা লাংলোনগী পাওতাক থর কোংথংতুনা হাপলি মাত্নমকনসু লাইরিক অসি কয়া মকুম চংনরম্বা লাইবিকনো হাইবা খংনবা য়াই। শ্রীমান লাইশ্রম গৌববিধুনা **লাংলোনগী** খুংনা হথোকপা অহু পারগা "মীতৈ চাণাক্য শ্লোক" হাইনা থোননি। লাইরিক মচা অসিবু মুন্না বিচার তৌহুনা পাবিরবা অমম্লং নাসিগী পাওতাক অসি থরগী মথৈতসু লৌবিরবদি মীতৈনচা ঐখোইগী চাওখংনবগী লম্বীদা থাক অমতদি কাখংলে হাইবা খংনবা য়াই. অচুম্বা রা হাইবগী মগুণ থাগংপদা হাইরমইবা পুম্নমক অহু মুন্না খনহুনা য়েংলবদি চাওখংলিবা জাংতি অচুম্বা রা হাইবা অসিবু কয়ামকম লুনা তৌনরম্বগে হাইবা খংই।

ইম্ফাল,
৪।৫।২৪ ইং।

ফোংদোকপা।

# নিজবা।

লাইরেল মৈদিঙু শ্রীশ্রীযুং চুড়াচান্দ সিংহ, সি, বি, ই, মিংথোম্না হেন্মোইনবা, ভক্তিবিনোদ উপাধি ওংগোইনবা, হুন্নাই মালং নোংশিং শাথোনবা, পাম্বা কৈরেল চংফানবা, লাঙ্গোইলমশা কাবা, হুয়েল লাম্বোংহকপা, রাইবা শাথোং য়াম্বা, পীজা পামুদবা, পীনা হনয়েংদবা, লংজা ডাকপিহৈবা, য়োনজা কোকপিহৈবা, ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না পোইরৈপুংময়োল ডাল্লিডৈ শামুখুয়াথাগী মালেম তিঙ্গোই লৈমাই থককী ওইরিবা, লাইরিক য়েকতৈ নমফংগী মদাইরেম নুংবান রাহেংবা যুমজাও সিংহ উনবী লৈথক লল্লিবনা শ্রীষ্টাব্দ লাকহৈ কুমশিং ১৯২৩ শুবা লোইদাম থাজা নবেম্বর মাকৈ ১৯ নি চনবদা, পোইরৈ মীতৈ ইবোনবু রাডমচৎনবী লোন্দা লংজা শোংগী লমচৎনা তাংজা লেয়েংথংডমদা, চৌঙ কলম থাডমদা থিজিল্লা হন্দোকচৈএ। চৌঙু লাইবু নিংবা পাইমা লিংজেন চাওবা উজা গুরুজন ওইবা নথোইনা লংজা ডাকপিও।

শমু খুয়াথাগী

শ্রীযুমজাও সিংহ।

# লাংলোল।

---

## লাইরিক লেংবগী ব্রাহ্মোদোক।

হরি হয়াহে, খোইমোম লাইয়িংথৌ ওংলো য়াইবীরেল শিদবা, য়াবা কোনথাংশাগী নমুপোংথোক মথংলেংনা থেংতয়কপা, থিরেল উংলৈনুংগী, লাবা থিয়াংথোকনা লমহৌরকপা, খোইমোম য়াবা নখোনজেন, লাংবন খোইমু খোন্দানবনা, চেংলোশকথোং ওইনা ভায়বা, মালেম মপুংলাক হৌরকপা, সনা কোনফুরেল, মালেম লৈশীরককী তোয়িংথৌ, কোরৌ নোংমদোলগী অরাং নোংনিংথৌ মচা য়োইরেলবা অপোক চাদা লাইছই হৌরকপা লোইদাম চন্দ্র খাজা পাথংবদা য়াছিপপা। লাংবন তোয়া তৌরিক লাইবু ইমু মচেং খোমনা থবীশেঙ্গোইরেং অপানবদা সনা তোনৌছনবা, তাইবং

শ্রীহবি, ত লাইনিংথৌ নগী নথয়াই অমা অতা লৈতবনা তকচাং ওইবিবা (পবমাত্মাগী মশক ওইবিবা) সৃষ্টিগী মমাংদা লৈরম্বা নগী নশাদগী তাইবং মী পুম্নমক মথ লাইনা থোরকপা, থিবেল মতুমদগী নুপা থোবনা চাংথোরকপা, লা বন খাগী খোইমুখোঙ্গনগুম্বা নখোঙ্গেন্না নশক ওইনা ভাম্লিনা (ভঁবাবনা শকথা ওইবা), সংসার অসি শেমলকপগী সনা কোনফুরেল, (খাতুনা ধবিগুম্বা পোৎশক অমা তৌগ হাইরবদি খাতু অছু কোনফুদা হাপলগা শোদোক তল্লি মথম অসিনা কোনফু হাইনা অসি খাতুদগী পোৎশক অমা থোকহল্লবগী মক্ক ওইনা মবম নি। তে বানবা অসি লৈশেম নুংশেম্বগীসু ঈশ্বরনা মক্ক ওইবা মবমনি হাইবদি মাংডান্দগী থোকথিনা প্রাক্তনি অদুম্না ওইববদা চুম্নগী কোনফুগা ঈশ্বরগা পান্দম্নবদি ঈশ্বরনা হেলমল্লি হাইবনা সনা কোনফুরেল হাইবদি সনাগী কোনফু অত্মদগীসু অথাইবা হাইবনি), মালেম (পৃথিবী) অসি লৈপাক শাবকপগী তোয়িংথৌ হাইবদি পৃথিবী অসি শেমলকপগী অহানবা হোবকফম ওইবিবা (লৈশেম নুংশেমলকপদা অহানবদা ইশিংশেমলে—মনুদসু "অপ এব স সর্জ্জাদৌ তাসু বীজমবা সৃজৎ"

থল্লাই,অপকমা পুম্নামাপু লাংবল কাওরেল শনশেনবগুম অপোক-লিহই লোংদম্বা, নমুপোংশেম্বা, থল্লাই মীপোকপা লাইরিংথৌও, থোয়ম সনা নথোংথা থম্বাল লৈকা মানবদা লৌশিং নাৱা শৈদমপাল, পাইমা শিরৈরোম্বনা চরৈ ওক্তায়েং, ইয়া নাপিচিক, লুল্লাই শমদোং ফোই, খুবাংচাংজৌ চেপনা লোননা হম্না পুরুমজরককে। থোয়ম সনা খুন্নারেল থম্বাল লৈভাং লৈগুম্ববু তাংজা লুদা থোংনা তাইবং লোংশা পালগী নমু পোংলমচং, থকশি কারলম্না থাশি লিকলেং শৈবু লৈওং নাতৈ চাদা ক্রিথোই থোইমলয়াম য়াথং থোয়া শমদং-পস্কুং মিংত্তারেং মওমশোইবা মিংয়েংনা পাংশোই নিকপা লমচংনা খিজিক্তা ভেংথাজরককে।

---

হাইরি—অহ্নদগী কোজোল কোজোলদগী কংবী কংনাও পোকলে, কংবী কংনাওদগী হপলা হারা পোকলে, হপলা হারাদগী তৌজেং তৌরা পোকলে, তৌজেং তৌবা অসিদা শেমবোং কাইবোংনা পরিংতিংলগা তামথোং মপুংতিং লেমথোং মথৈ ফেন্দুনা লাই দুম্না তরেৎক্তা লাই পাদং তবেৎকনা লৈপাক শীন্নুনা লৈশেম নুংশেমই) গুরুশিদবগী মচা অথোইবা মাণ্ডান্দগী তাইবং মী শমথবকপা থাগী মশক ওইবা পাখংবদা যাহিপকম ওইরিবা (পাথংবা হাইবা অসি থানি, মত্তোক লিশিং অমাপানবা অনন্তনি, পরব্রহ্ম নারানদি অনন্তশয্যা চেপই মরম অত্নুনা থাজা পাখংবদা যাহিপপা হাইবনি) লাংবন থাগী নিংথিজরবা তৌগী তৌবিক মল্লম কুপ্পা লাইনা (বীজনা) ইশিং মরিক্তা চংহুনা ম্নমিংকুম লংবদগী নিংথিজনা তোনৌ হলকপা হাইবদি সংসার অসি সৃষ্টি তৌবা মতমদা অহানবদা ইশিংশেমলে ইশিং অসিদা লাইগী বীজ মকুপ মকুপ চংবদা ইশিং অহ্ নুমিৎকী তেজমক্কম লংলে অরংবা ইশিংমবিক অসিদগী সৃষ্টিগী পোৎশক পুম্নমক থোরকই (মনু-সংহিতাগী সৃষ্টিতত্বগা মতাং অসিগা চপ চানৈ)। (মনুসংহিতাগী অহানবা অধ্যায়গী শ্লোক ৭—৯ গুবা যেংলগা খংবিগনি)। লাংবনথাগী শনশেনবনা মানা মানা শেল্লিবা শল অহ্ হেন্দোকথিদনবা চেকশিন্না হোৎনবগুম তাইবংমী পুম্নমককী অপোক অশি লোংদমলিবা তাইবংমীগী হকচাং অমসুং থল্লাই থোকহল্লিবা হে লাইনিংথৌ নহাককী থম্বাল লৈকামানবা খুয়াদা অঙাংগী লৌশিংগুমলিবা তমথৎ চরকপদা ঙাইরিবা বুদ্ধিনু লোমলবা ঐনা ইঙকশমদা ফি য়েৎলগা ইয়া নাপীচিকনা, ইকোকতগী শম ফোইনা হম্না হম্না খুরুমজরককে। নহাককী নখোং থম্বাল অঙাংবা মানবনু ইকোকতা থোংনা তাইবংমীগী শাজৎ মথক্তা লৈবা মীগী মক্মদা অসি চৎপা হৌনৈ, মখাদা লৈবা মীগী মক্মদা অমুজা চৎপা হৌনৈ হাইবা যারম পুম্নমক নাতৈউত্ত চাদনা হাইগদোবনা হাইদা হাইবোই লৌক্লা পংহাই হাইজিন্দুনা অকিযগা লোইননা খজিক্তুং ইজরককে।

১। নকুপোং ওইবনা---খোংকাপ চৎকম উদবদা শমুপোংকাদ থাংবদি লকুং কমজিংলাংনা মিথুনৈএ, (২) লৌনিংইথৌরাংবগী শমুধুংলাম তোইবদি তাইবং লিরোলাংদা চংখিএ, (৩) মীনম পোংবাও রাতারমু নাকোংবাপে হাইবদি লিরেলতাংমা লাংনা শিখিনৈএ, (৪) লৌনম হুরানবগী পুকনিং ফমহোং তোইবদি তাইবং অয়ারাংনা য়ৈথুনৈএ, (৫) চিরোল পাওরাল তোয়াঙগী য়াথংবাপে হাইবদি মোংবা উকাইরাংনা কাপকংনৈএ, (৬) চেংলৌ তেম্বাল য়াম্বগী মিৎয়েং চোইদা য়াম্বদি নাবা কোংগোইরাংনা ওকতা শিনৈএ। (৭) উনবী পুকনিংলোংবা থৌরম মনা য়াম্বদি মতম পাংগনলাংনা ফোইথুনৈএ।

২। তাইবং নিংশাপালগী লাংলোল মথোং ৭ মাদা থোইরোম লাইগী মথোংজিন্দা শারাহংজৈ লোননা থোংবিংনরিএ। মরুপ ইগুশিংগী খুয়াদৈথোংবু নমদনা মতম পাঙ্গললাং অসিসিংবু করম কোকশিবনো? লাংলোল মথোং তরেৎমগী তাইবং লাংলম য়াম্মা শীন্দোকপদি—মিৎমৈ তোরান চোইসালাং, মিৎলুকোনলোই শাজেল-লাং, ইচুতোনচুপাচুলাং, পাচুচানজু লৈশালনাং, চিরোল পোংবাও

---

১। মথোংথাংফম থংদবা তাইবংমীনা খোংকাপ থাংবদি পুখক্কনা তোকই হাইবদি তুংমা রাথল তোদনা চৎলিবা মা অদুদি অরাবা নই। (২) মীগী মপোৎ পামত্থনা তোইনা হুবাননা মা অদুদি মশাদা যোংহিং থাংবা হায়ন। (৩) মানমত্থনা তাইবংমীগী পাওতানবা নাকোংদা অপৈনা রা হাইববদি লিংচ থাত্থনা মচিন চুমহলি, (মচিল অথুবনা মনম অপাকপা মোনবা হাইবা পাওবোগা পান্দমনা যাই)। (৪) লৌনম তৌত্থনা মীগী মপোৎ তোইনা মহুবাল নিংলবদি চৈজা নম্বোননৈ। (৫) চিরোন তৌত্থনা ওইদা ওইদবা রা ওাক্তা হাইববদি শোইদনমক ফোংদোরকই। (৬) মমিৎ য়াম্বা হাইবদি চোইথোকপা মীদি ইকাইবা নংই। (৭) পুকনিং লেপ্তত্থনা থৌরম য়াম্মা পাম্বা মীদি ওমফদবা মতম্মা লাকচত্থনা তোকই হাইবদি থৌবম য়াম্মা পাম্বা মীদি থৌবম অমতং পাংবা ওমহোদনা পুনশি হৌথিবনা হান্দুনা তোকই।

২। তাইবং পানবগী থুদি চেনফম মথল তবেৎমক অসিনা থোইয়ুম লাইগী থোংজিন্দা রাইথুংশো লোনবগুম লোন্দুনা থোংথিংলি—হাইবদি মাসি থাদোকপা ওমত্রিবা মা অদুদি কদৌঙৈদসু লাইগী খুযা ফংবা ওমদে। মরুপ ইবুঙোশিংগী খুয়া থাদা চংজবা নত্তনা

য়াভালাং, নাকন পাওথিল হোইয়া লাং, থুয়ালোল হাই থংদালাং হয়াও পাওতোইলিয়ৌলাং, মুংশিলৈনম চুশিললাং, য়াথং থোইয়া শমদংলাং, চিংগোইপাওনম হোয়া লাং. শরি পাওওন লৈশোম লাং, ফংভা য়াইবী শিথিলাং, চায়রৈথাই পাওথিল লাং, কনজাও কোললোই মীকিলাং, চিরোল মীয়েল চোইশা লাং, থুংপাই শোকফম থংদলাং, শাগৈগভাইরি য়েকনা লাং, লৈথা কোমপুংওম্বা লাং, থকশি কারল য়েথাইলাং, থাশি থৌজাল তম্বা ইওম্বা লাং, শামু মাংলম শৌথালাং, তুংলম তিমেল ভাপাললাং, নমুতুনা কোঙ্গোই লাং, শিনা মীনম লাং, ভাংজা ইকাই খুথিলাং। লৌশিংমৌনম লাংথাকপা তাইবং নিংশাপালগী থৌরম অপৈবা কোংগোই লাংথুয়াম্বা থবাই লিহকপা অসিবু নমু পোং ওইবনা লাংশক চেংলৌমিংথিংলুদে। অসি থুই হাইবা থংদবগী চেংলৌ মিকুপ হাংদনা লাংথুনরিএ হাইদরবা? শরালাংলি কোমনবা মরূপ লেংতিন তমলৌনে।

---

মতম লৈবা থৈবিক্তা মপাঙ্গল কান্নবা লাংকমশিং অসি কোকনবা পাম্বৈ লৈতে। লাংলোল তরেৎ অসিদগী লাংলম অতৈ অতৈ শিন্দোরকপদি:—য়েংলোইদোবা য়েংবা, য়েংগদোবা য়েংদবা, নুংশিরোইদোবা নুংশিবা, নুংশিগদোবা নুংশিদবা, মীগী চিরোন থাজবা, মীগী পুকথিল চানবা, তুংদা মীনা লোয়া করি হাইনগদগে হাইবা থংদবা, থোইনমক হয়াওবা, থোইনমক নুংশিবা হাইবদি পোৎ অমা অহুনত্রগা করিগুম্বা হিরম অমা থোইনমক পাম্বা, পাওতম্বদা হেনগৎনা অহুনত্রগা হম্বনা তম্বা, তৌরোইদোবা থবক্তা হোয়া ফবা, শরিশোন্দুনা মীবু থাজহন্নবা হোৎনবা, পুকচেল ফজদহুনা মীগী মরালতা থিবা, পুকথিল পাওথিনহুনা মীগী চান্নবা য়েথাইবা, লাওহৎ খোংহৎতুনা মাবু কিহনবা, নত্তবা বা শাজিনহুনা চিরোলতৌবা, পাইফম শোকফম থংদবা হাইবদি তৌন য়াবা থবকনি নত্তে হাইবা থংদবা, মাগীমাগী শাগৈ নাতৈগা য়েকনবা মপাচাদবা থবক তৌবা (ইজৎয়েংদবা) মথককী অহনদা চৎকদোবা শাজৎ থংদবা, মথাগী মী লোইনবা হৈতবা, মাংদা থুদোংথিবা লৈবা য়েংদবা, তুংদা থোককদবসু উদবা মীহেক মাংননবা তৌবা, মীমাংননবা মীনম্বা, ইকাইবা নংবা। বাথল থেনবদগী থোকপা অসিগুম্বা থবাই পুম্নবগী মশক ওইবা লাং ময়াম অসিনা তাইবং মী পুমনমকপু মিকুপ পুংজা হাংদনা থুহল্লি। লাংশকথংবদনা অসিদা থুরে হাইবদি থংদে। হাইরিবা লাংশিং অসিনা কয়া পুন্দনবা মরূপ তিন্নবনা মতিক ওই।

৩। ঐরেন ময়াই কাবদি য়াংলৈ য়ুবু হেনএ, থককয়োইএ, য়াইবি হৈংনা চেনকরোইএ—কোয়োইচমনা থাবৈদে। নমুপোংওইবা পুম্নমকপু থরাই অমত্তনে নিংঙৈনে. তাইবং মীবু ওইনা পোক্লবা ইথোইবু খাচংথৌনি য়াংপা লোনজা লনথোই তানফং দরবগী লাহান লাংওন মপোক অমরককী থোরম মতৌ মতৌ শিংবু য়ারম মতৌ থংলুদে; হন্দক লাংওন অসিগী য়ারম মতৌ থংদে, থোরম য়াংগোইরিবস্মু কদাইনো ?—য়াইমময়াহ তাওদলবদি কোয়ৌ মুমিৎ তয়েংমদা হুয়া হুয়া মত্তেয়কএ, থবীলোইতাম্বনা থাজা তরা নিথোইমাবু তেনা তেনা মহললকএ, লাকহৈ কুমমপানা লাকলেন কিশি মত্তাইশিল্লকএ, পুনশি হৈয়াল লৈদি অয়াংশক লুত্তোং লৈস্থং হনবিদে; থোহুকেংনা-মুংগুম মতুম শিল্লকএ, থাংলেন গুনা মনবগুম মথৌ মরৎশিএ, তাংজাগুম মকু হুফদা, লিলাগুন ময়াং শিংফদনা পানবা পুংনে। নিংমংলংহুমনদি মশাং লৌএ, মাংহৈন লমদাংনদি মত্তেন শিল্লকএ। পায়োং কোংকমত্তিংগুম পুনশি চেংজেন মথেং মতাথিএ, য়োইময়াই তাওদনববু মুমিৎ খুজেংলাকনা থৌথাম ওমদ', লোইতাম থাজা পাথং ববু থাজা খুয়াং কোননা ডাকচা ওমদবগী তাইবং নমুংপোংওইববু

৩। ঐমঙাইবে হাইনা ময়াই কাবদি য়ুবুহেনবনি থক থককনু। অহুম ওইনমক পুবনিংদি হাকনমক হম্বফাদ, নমি সু চমনা থাগনু। তাইনং গী পুম্নমকপু থয়াই অমত্তনি হামংদি চপ মাইয় হাইনা নিগনি। তাইংমী ওইনা পোক্লবা ঐংথাইনা থাজংথৌনি য়াংপনা নুঙাই গাইফনা ফংদ, নহান অমুককী মপোক্তা করি থোকয়বগে হাইবসু থংদে, হন্দককী ম শাক তসু কবিগে ফকনা হ হসু গ দ, থোরম পুম্নমক নোংদমইবসু করিননো হাইবসু থ দে। নুমিংতি চ গ ন বংমক্তা হন্না হন্না মথাবকই, থাসু থা তরা নিথোইমকতা হন্না হন্না মথাবকই, চহিসু অমা হোথ্রগা অমা মবাকই, তাইবংমীগী পুনশি অমসুং হকচাংদি হোথ্রবদা অমুব নোংহাবকপা নাইজে। মাথোই অসিদি থাংফংগুম খব খন তুমশিল্লকই। থবক গুনদা থাংগুম্না মথৌ হললকই। মাথোই অসিদি লিনগুম্না মকুহরগা নোংহোল ময়দনা লৌরগনি। তুংলোমগী লংহুমনা মশাং হোই মাং লোমগী লমদাংনা মত্তেল লকই (তুংবু লগুমগা পাদম্মনবনি ল হুম হাইবা অসি ফ অহুনা শাবা লোইথ্রিগা কাওনা কাম্নরমই ফি শাব লোইরগদদি মাগী কাম্নবা লৈত্রে অহগুমহুনা হোথ্রনা পুনশি অহুনি অমুক শিজিন্নদা য়াত্রে। ফোংশকথোকঙ্গা

হন্নুকুক্কচল মালদৈ য়াংনা ওক্লোকখিএ ; মশিংশিংনা কোইবোকাদা, থ্বাং নোংজেংলাও, য়াংলেন লুচাওথোই, য়ারেল মথৌকুম, থোংকাং-মঙৌচি, চৈরুং ময়েংতা মিংচৈ পোরোমতুম, লাইরেল হৈচুমশানা চেংলৌমিংখম কুং, নমু শকথংয়োল, খুদোল হিথাওশা, খুদাং শাজে-তাও, শমুথোংকাপ অথাং খুদিংবু লৈতোই খুদি য়ায়া চেল হকচাং মতুম চিশিল্লকএ।

৪। য়ারম হাইদোকখিবা খুদিংদা চেংজেন ময়েং তাখিএ। পুনশি লৈচং কাওশিল্লকপা অসিদি উনবি পুকনিংথুংনা শংলৌ থৌরাং ভমতমফদা নহা অহল ফমফম পরেং শিনফদনা পানবা পুংনে। পুনশি ইবালদৈ অয়াংশক্ল লুতোংলৈদি থমনা লাকোন লুরোইথকতা লাইজা লিকলা থকমদবা তুগুম্বনে। থরাই লিকলা মিকুপনে,—মালং মুংশিংকনবদা গুমাই লাকং পাইবগুম পংনা য়াংগোইরিবা নত্তাইএ। খুনবী কাপতিংচা কাপতিং য়াইথংচানা লাংনা মত্তানবা নৌবী খুদিংদা কাকৈক চিংলোই চয়া খুনবী পোৎলুম থাংলবগা কাকৈক ফমহোংখিবা তুগুমবনে। থরাই পোৎলিংখিববু শমুথুংনা লাকনা থৌথাম

---

কোৎ ময়েং তাবগুম পুনশিসু নব থব ময়েং মতাবকই। নুমিৎপু খুজেং লাকতুনা থাম্বা ভমদনা থাবু মথাং কোনতুনা ফাবা যাদবগুম তাইবংশীসু থুনা হনু কুক্কক চলই। মথং মথং থাম্বা যাদবনা থ্বাং শোল্লকই মনম পোল্লকই, যা মথৌ কুমলকই, থুযা মঙৌ পারকই চাইক চ শিল্লকই, ভমদোকখ্রদা হৈগুম্বা মিংচম খুইবকই, মিংফম কুংলি—মরম অসিনা শকফম হোংলকই, খুদোল হিথাও শাবকই খুদাংগী শিংলি পুম্নমক তাওথংলকই, থোংকাপ অথাং খুদিংগী খুদি চেল্লি, হকচাং ময়েং তাবকই।

৪। য়া ভুংথাকখিবা খুদিংদা পুনশি ময়েং তাখি। পুনশি লৈচং কাওশিল্লকপা অসিদি মানা মানা নিংবা মপুনশিং থুংনদা থৌবাং তৌহৌবা ভমদে, নহা অহন মথংশিল্লবসু য়াদে হাইদদি লিবা হাইবা অসিদি ঐনা তৌনিংদা থবক য়াৎলি শিখিবোই হাইবসু য়াদে নহা ওইবি অহম্না হায়া শিসনু হাইবসু যাদে। পুনশি অমসু হকচাং হাইবা অসিদি থমনা মথক্তা পকপা ইশিংগুম্বনি। লিকলাগুম্বা থরাই অসিদি মিংকুপ অমতনি—গুমাংদা তানা লাকংবু নু শিংনা পাইথোকপিবগুম্বনি—হাইশদি গুমাংদা লাকং তাববু নুংশিংনা ইবাই লাইনা থংহৌদনা হুমদোকখিবগুম থরাইসু হকচাংদগী কৈদৌঙৈ চংখিগনি হাইদা ভম্বা ভমদে কাকৈনা নাপী অমদগী নাপী অমদা লামখিবগুম্বনি,

ফরোদে। লাইজা কোংগোল তাকপা গুম্ববু থংলোদনা পানবা পুংনে।

৫। তানলোই মরুম্বী, মপারি চুংজানবা, মযোম ফুংঙোনবী মরল য়াম্না পুজাও রোইবা পুম্নমাক্ষুং অমল য়াইথোংকুম্বদা য়াইরা লমজেন ফিগুম ঙাইরোইনখিদে। গুরুমপাওতাক ফংজবদা— য়ারমসনা মৈথাংবত্নম নামপ্রকাশ ময়েক অছুমমানা য়াকথৈ হিগা ওই, লমলোই থোদাক থোললা খুমুনোগা ওই, য়াচুম ললওইননা মানা মানা নিংবদা লাংওনথিএ। অসিগীদমকপু গুরুসনা মাথোং-থাদা নোম্না লনথোই তানববু থিনফরোইএ।

৬। চৌঙু নোংদমথোনবু অমাতৈনা লৈতে, কুমার ফুশবনা মালেম লৈফু শাবগুম মহাক মঙোম মতোম শংলো থোবাংজবগী তৌজা মতিকমন অফফংতা মহৈ (ঙোচপা) য়ানবনা হয়েং মপোক লাংওন অমরকতা চৌঙু মরাইবককুম থোইমোম লাইগী নোংদম মহৈবু মওইনরিএ। লৈতাং পোম্বি চেককুরেক অঙোবনা পোম্বী থোংনা হৈনা চেকলা মপুক থনলৈএ। ঙানু থেরে চিনবাকপী চানা শাম্না-চিন্না হৈনা চেকলা মপুক থনলৈএ। নমুপোং ওইবনা মানা মানা

থরাইনা হকচাংদগী চোংথোকখিবদি খুৎনা ফান্নুনা খাম্বা য়াদে কোঙ্গোল তাকখিবা থংহৌদবা গুম্বতনি।

৫। নুংশিনবা মতু, মচা নুপা নুংশিবা, মচানুপী অচানবী, মরল মথুম য়াম্না লোইনা পুম্নমক অসি শিনদা লমজেনফিগুম লোইচুনা পুশিদে। সনা মৈথাংবা গুম্বা গুরু মপাওতাক নামপ্রকাশ মযেক অহুমতনা হিগী মশক ওই, মকপ মপাংগী থোদাকনা নৌ ওই, অচুম্বানা হাইদনা লনওইদুনা মানা মানা নিংবগী মতুংইন্না অমুক পোকখি। মসম অসিনা গুরুগী সনা খুয়াদা নোমুকনবগা লোইননা লনথোই তানবদা থিনফরোই (লাইরেক ফরোই)।

৬। লাইগী নোংদম হাইবা অমা তোঙান্না লৈতে, থোবালদোং চফুশাবনা চফুশাবগুম্না মানা মানা তৌজবগী মতুংইন্না অফফত্তা মহৈ য়াম্লি; অদুগা মপোক অসিমদা তৌখিবা অহুনা হয়েং অমুককী মপোক্তা মবাইবক ফবা ওইনা পোকতুনা লাইগী নোংদম ওইনা থোকলৈ। লৈতাংপোৎতা তাবা উয়োক অঙোবনা মংথাংশা মচিনজাক থি, ঙানুথেরে চিনবাকপীনা মচিন্না মচিন জাক থি। তাইবংমৌদি মানা মানা তৌজবগী মহৈতনা

নিংবা থৌরমনা খোইমোম লাইগী নোংদম মহৈবু ওইনরিএ। পুকনিং লাইবেক চনফরোইএ, উনবি অতল নাইফরোইএ। লাইজা লিকলা থকমদবনা মুজা পুলাং লুরোই থনজিনলকপা তুগুম্বা, থৌরম লৈবা থিবিক্তা খারা থিজিক হৌনা উনবী পুকনিংমপাক লকএ। খোয়ম লাইগী নোংদমবু লৈএ হাইইগীদি শাইগং লৈহন কিদনা মীকাই কনা খুরাললবা? মুজামথংথননা থংলেন মরাল ভাললিবিবু মুংওন পুকনিং কৈনা মুননা মীফাইকৈদোংলবশিংবু খোয়ম নোংদম-বনা নহাত্তোঙাই নরমচংপু নত্তে হাইনা নহা শমু খুজেং লাকনা থোথামফদে।

৭। কোরৌ নোংজাখুদিংবু তোজামত্তিক শিংথা রৌএ। বারম অসি থংবা খোয়ম লাইবু নিংবা চৌডু লাইবকফবা, হন্দক অমম থংলবা, লাইবক খেল্লাই মুংলবা, য়াইবি থবাই শেংলবা, হাওনা শংলৌচমফুং চারবা, শেংনা চরৈকদি শেংলবা, পামিংনবা মীরেল হুক, মীরেল ভাইবং য়োইথুমচাক, থবা কোরৌ নপারমদি হুল্লাল্লবা, পামেল উনা থাংবা পান্দমগুম কোল্লোই মিংথিবস্থং থংদরবা, য়াইক মথোই তোংইগীস্থং নাইদরবা। চেংলৌমিংত্রেং অপানবদি কুরাং শউন-মিংনে। অপাম চেংলৌ মিথিংলবদি য়াইবী শিথিমিংনে—থমোই

---

লাইগীনোংদম ওইনৈ। পুকনিং লাইবেক ফদে, অতনবা নাইফদ, ইশিং মবিক মবিক ভৎভনা তাংনা নুপীগী কোকথোং ফাবা পুনজাওস্ত্র ওল্লবই, অতুগুমদুনা থবক পুমমক্তা থজিক্তদগী হৌরগা পুকনিং অসুম পাক থোবকই। লাইগী নোংদম অমা তোঙাম্না লৈ হাইরবদি শগুন তৌনা কিদনা ফত্তবা কনা হুবালগনা? মরামপুম ইবা লৈববা অমসুং মপুরাইবা চাকহেন্নবনীশিংবু কনাগুম্বনা ফাগী জুগাই তৌরবদ নহা মাত্থ হৌনদবনি হাইত্রন লাইনা মখুৎলাকত্থনা খাম্বিনবা? হাইবদি লাইগা নোংদম লৈহাইরবদি নত্তবা থবকত্তৌ হাইত্থনা লাইনা ইশিনবদি হৌনদবনিনা হুবানবা মীবু অমসুং মরালেবা নুপী লাম্নবা মীবু লাইনা থাম্বিগদৌবনি, মাত্থ কদৌঙৈদস্থ তৌদে।

৭। ঐনা ঐনা তোজবা থবক অত্থ নুমিৎ খুদিংগী শীংথা হৌই। বারম অসি খংনা লাইনিংবা লাইবকফবা মপোক অসিগী অমম্বা থংলবা লাইবক খেল্লাই মুংলবা হাইবদি লাইবক অফফত্তা পুমমক কোকলবা পুকনিং শেংলবা চমফুৎমক্তা ওইরবস্থ হাওনা চারবা, ফদীমক্তা ওইরবস্থ শেংনা শেংলবা, মপাগুম্বা মীবু অথোইবা মীনি হাইনা মিংবা অত্থমদি

লাইমিং অরাবা উনবী লিয়েং মুংওনমিং, কোরৌমরোল কাওনা মিংনে। মাইগৈ মরিমা, চিংথেক নিপালমা শুংদাই তরাতরুকমা, শিংগাই ছুমফু মাথোইমা উনা মিংনে, মালেম লৈথাতুনা মাইগৈ মথোংশেন্দনা উনমিং চৌগু লিয়েং মুংওন মিংনা লিকাল তরৈমুং-শুমদা চংনা মুঙাইনরচশিংগীদি কোরৌ নোংজা থুদিং মরূপ ইঙোশিং-গীদি চৌগু লাইবকফবা মশেলবু লমলোই লেংতিন্নবা য়াইবী থোংহৌ রাইথুংফম কোরৌ নোংজা থুদিং চৌগু লাইরিক হৈবদা কোরৌ নোংলেন নথিএ য়াইবী লম্লোই চাওখৎনৈএ হাইদববা?

৮। নমু পোংওইবনা থাজংথৌন রাৎপনিকিনা থোয়ম নোংদম থোলবু নোংদম পাংথক মান্নবা থাজিকএ। নোংদম মান্নদবগী য়োইময়াই তাওদলবনা নোংথিল চেংপৌ মিং ওইনএ। লোইদাম থাজা পাথংবনা অহিং লিকলাং য়াইমরুবু ওইনএ। নুমিংথা অনিমাস্থু লান্নবিদে। য়াওরৌ শান্থুং লুচাওবনা নোংশা নাকতা পকপিদে, মুকমু হাংমৈ চোনবনা পানবা মনম তানা লোংকিনৈএ। চিব মৈশাংবনা পানবা লোইনাই মনিংলোন চিবা শরাককনবনা

ওইববদা তাইবংমীগী লূনা তৌনফমস্থ ওইবিশা চাওস্থ চাওববা মপামপুর্ব তাথিনা হাইরবা অমসুং মমিংথিনা ঙাংনরনস্থ উনা থাংবগুম থাংলবা হাইবদি অশাওন লৈত্রবা, য়াইফরি হাইবগীস্থ নাপন তৌবা লৈত্রবা, অধবা মিং অসিদি শউন কুবা বানবা শাবা মিংনি— অপাম্বা পোৎ উবিবা মিং অসিদি থরাই মাংনবা মিংনি (হাইবা থংলবা) অমসুং থমোই মনুংদা লৈলা মিং স্বর্গ মবোনকাওনা উনা মিং—মাইগৈ মরমক চিংথক নিপালমক শুংদাই তরা তকরুমক, শিঙ্গাই ছুমফু মাথোইমক উনবা মিং, লৈপাক লম্বা ফাওনা মাইগৈ মথোং পুম্নমক চিথদনা উনবা মিংনা লিনা তুম্ব শীনগুম লৈবিলা লম ইরু লিকলি মনুংদা লৈবা পোৎপু হব লংনা উনগুম উবনা মাশিং অতুদ নুমিংথুদিংগী মবাইবক ফনা মশেল মরূপ ওইনা তিম্নতুনা থরাইগী হোবকাম অনস্থ মাহথু ফমবু (থিনদা) নুমিৎ থুদিংগী লাইরিক হৈবা মশেল তিম্নতুনা নোংলেননৈএ—থরাইগী লনথোই চাওখৎনৈ হাইদব্রা?

৮। তাইতমী ওইবনা নিজ তইজবা রাৎপনা লাইগী নোংদম্ব পাংথকনি হাইনা থলি। নোংদম মান্নদবনা নুমিৎনা নুংথিল মিং ওইনৈ থান, নুমদাং ঙানবৈ। নুমিৎ থা অনিমকস্থ থক ওন্নবিদে। শাম্থু লুচাওবনা নোংশামনাক্তা চংবিদ। শন্নাকৈ মনম তাবদা কি। উচিনা হোদোং শারাকহৈবগী মনাক্তা লৈবিদে। লিবনা উচেককী

কমলেন লোনকোই হৈরবগা লৈবিদে। ভাংজা লিলাখিনা গরুড চেকনিংথৌদা চাইথোকখৈএ। চানামতৌ অমদি লাইজা ইরিকলাইগা থাম্বিমৈত্রেং অরাবগা চুশিনখৈএ। পোম্বী উচেক পুম্নমনা মালং নোংশিং অকনবদা পাঙ্গন চৈশৌ ওইখৈএ। লেমলৈ অপকমানা লাইজাই রূপপুংবু মরাল লোনমুম ওইখৈএ, নমলোই থানবিদে। রাগা উগা শমকদে, শাগা ভাগা থোংকদে। চানমতৌ অমদি ভাওজিং হৈনা শিন্নবস্নুং, নোইন্নু থুমবু হাপলবগা, উনবী পুকনিং থুংনা চাবস্নুং য়া কুমদে। পাখং শিংজেল লৈপাম্বা, মুরা ভাওজিং হৈপাম্বীগা অনিমাস্নুং উনবী পুকনিং নকনা, পাইমা থোকাওনদনা মুংওননখিএ।

৯। মানা মানা নিংবা থৌরম অমদি—য়াওরৌশা, পোম্বি উচেক, পামেল উন্না; থাইমা নাপীশিংবী, শিংজেল লৈরম অয়াম্বা, লেমলৈ ভাথৌয়াং মকেহাথক্রকশিংদি লহান লাংওন মপোক থুদিংবু য়াওরৌ মশক হোংলকতে। পামেল থুমনা পালবনা থুমনা মপাললকএ, হৈরাং থানা পানবনা থানা মপান্নকএ, শিংজেল লৈশক হোংলকতে, লৈরাং মনম ওন্নকতে, লেমলৈমশক হোংলক্তে। তাইবংনমু পোংওইবা ইথোইদি চেংলৌ শকস্নুং পাইমা লিংজেনস্নুং হোংনা হোংনা মাওন্নকএ। চৌভু নোংদম মথৌথাবু নোংদমমতুং ইন্নকএ। মাগী মাগী নোংদম মহৈনা পাইমা লৌশিংথোই, মকোই পাওনিংশিংববু

---

মিংথৌ গরুড়গী মনাক্তগী চাইথোকখি। পান্দম অমদি মৈগা ইশিংগা চুশিনখৈ। উচেক পুম্নমকনা নুংশিং অকনবদা পাঙ্গল ওইখৈ। ভানা ইশিং অচৌবদা ময়ুম ওইখৈ। মাগী মাগী মপাং থাদোকনদে। রাগা উগা শমনফদে, শাগা ভাগা থোংফদে। পান্দম অমদি হৈ অশিনবস্নু থুম থাকলগা পুকনিং থুংনা (পেন্না) চাবদা য়াকুমদে। পাখংলৈ-পাম্বগা লৈশাবা হৈপাম্বীগা পুকনিং অমতা ওইনা অকাওবা লৈতনা নুংশিখৈ।

৯। মানা মানা তোজবগী মতুং ইন্নি হাইবগী পান্দম অমদি শা মথোং মরিপানবা, উচেক, উন্না, নাপীশিংগী, লৈ মথল মথা অয়াম্বা অমস্নুং ভানচিংবগী পোকলকপা মচাশিংদি মপোক থুদিংগী শা মশক হোংলকতে। উমহৈ থুমনা পানবনা থুমনা মপাল লকই, থানা পানবা হৈনা থানা মপাললকই লৈশক হোংলকতে, লৈনম ওন্নকতে ভাস্নু ভাশক হোংলকতে। তাইবং মী ওইনা পোকপা ঐথোইদি শকস্নু পুকচেল লিংজেনস্নু হোংনা

লৌমৈতৈবগী লৌশিং কৈরাক ওইনা, নিংথৌমা মাংগোল লাংদা কানরকপা অমনে। চীঙু লাইরিক হৈবনা মরূপলেংনা তিন্নকপদা কানরকপা অমনে,—তাইবংনোংশাপান্দা লাইরিক পুকনিং মিংওইনা, ফুংলিমাংলি অনিমাবু য়ারম হান্না থংহনবা অমনে. মরল য়াবাপুজাও রোইবা তয়ম নাইশিবা কাওরেল শনাগানথনবনা, পাঙ্গল চৈশৌ ওইনবা অমনে, হৈজা অওইথি য়ায়া ললয়াম লোইবনা, পাংগল চৈশৌ ওইনবা অমনে, য়াইরা শাথোং অক্লপা হয়েল লানথোং অচৌবা, অথম মীপোকপা, অথোলাঙ্গোললকপনা, পাথোমমান্নবা লকতা কোল্লোই মমিংচাওনা 'চংলৌ মশক ওইনবা অমনে। নমু মীরিল হুবনা, য়াথংরাপৈ হাইবনা হকচাং মী ওইনবসুং য়াওএ। মহৈ লৌশিং থোহবগী নিংথৌ উনবী পুকনিং থুংনা নিংথি 'লতেং পোং পুন্নমাবু শালশেম্বা অমনে। থোয়ম লাইবু নিংবা পাইমা পুকনিং চেৎপাশিংনা লৈপাক মরাওইনা মালেম লৈবাক ভাকনৈএ। তাইবং নমু পোং ওইবাশিংনা য়ারম থংকাৎমান্নদবশিংনা, নোংদম পাংথক মান্নবা থজিকপগী পাইমা লিংজেন য়াম, চেংলৌ মমিৎ পোইবনা লুমলেন অনিত্ত তাল্লোই অনি লোনবনা তরাচাকথাং চাএ, চরৈ থোংদাই

হোংনা মপোকললকই। লাইগী থোংদম মতুং ইল্লকই। মানা মামা তৌজবকপগী মহৈনা অথুইদগী বুদ্ধি লৌশিং থোইদোক হেনদোকপা অমসুং তমজুনা থোকতনা পাওতাক পীবনা মবৌশিংতনা কৈরাক (অচৌব কানবগী পান্থ) ওইনজুনা নিংথৌসনা মাংগোন্দা কাবকপা মীসু য়াওই। লাইরিক হৈননা মরূপ অকনা তিন্নজুনা চাওরকপা মীসু য়াওই তেংবানবগী মনুংদা লাইরিকনা পুকনিং লৌশিং ওইজুনা তুংদা থোককদোবা মাংদা থোকখ্রবা অনিমক উবা মীসু য়াওই। মরল মথুম, মনাই মশল জানা লৈননা মপাঙ্গল ওইনবা মীসু য়াওই। লানল ইতিকপনা মবল য়ান্না লৈজুনা পাঙ্গল ওইনবা মীসুলৈ শাফম লানফম অচৌবদা মথোনানা মাগী মথাই য়ান্না কল্লকতুনা মমান্নবা মরক্তা মমাই-পাকপা মীসু য়াওই। মানঙ্গা মীনা নত্তনা রা হাইজুনা মী ওইবসু য়াওই। মবৌ শিংমা-মথুৎ মশা হৈননা নিংথৌমপুকনিং পেন্না নিংশিজবা পোংলোইলৈতেং পুন্নমক শেম্বা অমনি। লাইনিংবদা পুকনিংচেৎপশিংনা লৈবাকমবা ওইনা লৈবাক ভাকই। তাইবংমী ওইনা পোকললগা য়ারম থংনা মান্নদবশিংনা লাইগী নোংদম হাইবা অসি পাংথকনি হাইনা নিংবনা মপুকনিং লোংবনা অমসুং মমিৎ চোইবনা নুপী অনি লোনজুনা চরা হেল্লি

শেংলে লেমলৈ অনি ফাগে :থৌরাংবা শমু খুংহাম্বগুম তোকলৌএ। য়াকৈয় অনি তোংগে থৌদানববু লাইজা ইদা তাবা নংজৈএ। মানা মানা নিংবা থৌরম্বু মদোম নত্তে নিংবগী উনবা ফকমাংননা, পাইমা ইরৈচনগুম য়াইখুংমফম্বী থংদন', নোংলেনখিএ। হৌদোং থোংগনবনা তরা চায়াম চাবিদে, য়াংলৈ তুমিন লৈবনা তরা চক্ু তমএ।

১০। য়ারম মত্তৌ অমদি পল্লেম ইমুংশিপয়োমমুংগী নায়া খোইথাওরিদগী সনা ললখোইতানগে, য়াকৈয় হিপোং শেমলকপবু পাথৌ মরূপ তিনদবা, মপাগুরু নাহদবা চৌড় লাইরিক হৈতবদি হিজল হিনাও হৈতরে, লৈকুখমথেংয়াম লৈরাই হিফাইচননা য়াকৈয়, হিগুনবনে, সনা লললোল হৈতরে। কৈথেল শনতিক থংদরবগী চোইনৌ সনা মমলবু লিকলি মচেংলোনা মতোম হলব্র'ইরকপা তুগুম্বনে। তুরেল য়াইখুবৌচানা মপল পীশা চাবগুম, শূমদিল লুনাইদবনা মফম পানেল উশা চাহৎপগুম. নোইমু খুমজা নাইতৌবানা থুমনা মথম্বগী ময়া যাংহনবগুম, চিবা মশাংবনা ফকলাং লোনজা থেংগোইবনা য়ায়া পুকথোকফাৎ চরৈফিরাকচংনা মপারি হাথনা, মমোম নাওনোরববু চরৈ ফিরাকচিকনা চিবা মহুম শানা য়োই ওইবগুম, থাম্বি মৈত্রেং অরাবনা শিংবিমৈহুম থুমনা চাকহৎপগুম মহাক মতোম্মা চাকশিল্লকএ।

---

মফিশেগাইবা শেংলি। ডা অনি অমুক্তা ফাগে হোংনবদি মখুংহামচ্ছনা তোকই, হি অনি তোংগে হোংনগদি ইশংদা তাচ্ছনা তোকই। মানা মানা নিংজবা হ ইবদি তোজবা কম্মতনা লাহগী নো দন ওহবিবান হাহবা থংদবী পুক নং ইরৈচন্দুনা হাইব দ তোফম থংদদনা য়াইথুংফম থংদনা নোংলেন লি। হৌদোং থোংগনবনা চাক যায়া চাবিদে, হই তুমিন লৈবনা চাক চফু ঙমহ।

১০। পান্দম অমদি নশাগী গর্ভদা লৈরিত্তেদগী হোনা হিদিংগা ললোনবনা সনাগী লন তানগে হাইচ্ছনা হিপোং শেম্বগুম লাকপবু মরূপ তিনদবা, গুজাগুরুথনদবা লাইরিক হৈতবা শিংদি হিহোনবা হৈহতনা লৈকুনৈবাইনা জিথে চ্ছনা অল্লোনফম থংদচ্ছনা তোকই। কৈথেল কারগা পোং ফিকনবা হৈতবনা সনাগী মমল পীবগা লিকলি মচেং পুচ্ছনা লাকপগুম্ব'ন। অসিগুম্বা নী অ সদি তুবেলগী য়াইখুমচানা মপীশা মশা চাথোকপগুম, মরুমযাং পান্দবা শূম হাইবা তিননা মানা তোংলিবা উ চাহৎপগুম, থুম অতৌবনা মায়ু

১১। নমু মীতমথি পুকনিং মকিং নাইবা, শাগৈ ঙাক্টরি থংদবা, ঐনে ময়াইকাবা লৌশিং কোনশিন নাইবা লৌথুপ রাপৈ হাইবদি য়াংপৈ তাওবা কংডাও হুইনা তাওবা মপু চিকপগুম লিংজেন শোকচং ঙাওচংনবগী লাংলেন মথননা থাকপা য়েকনা শাজেল লাংদা মত্তোম য়াইবী ঙংশিনৈএ। তৌইগুম পুকনিং অথাকাইবা লমচং য়াংমন কাইমনবদি মাংশোক মথা ফমদা হনথনৈএ। উনবী পুকনিং তপনা তাইবং অয়েংকাইবদি পুনশি চেংজেল মত্তোল লোমনা কমলেন লুচিং ভালফংএ। তাইবং মী ওইবনা কোলোই অমেংবা, য়াথং অনোনবা, রারম অওকপবু রাচুম চৈরোইনরিবদি চেপশি পুন্নপন্না অমেংবনা শীংজা পোংখোং লাকপগুম লোলশেম য়ুমশা ঙমএ। শঙ্গাই য়াংনম অপিচানা থুংলাই শিনজরুক নিংথি লৈজেং পোং পুন্নামাবু শালশেম ঙমএ। কাটি লাংশোই অপিচানা লাংগোই হকচাওববু শামু মরিল ডমনৈএ, নমু মীরোল ইলহলএ। কোরৌনোং শগোলসুং লাংগোই খুজারি কোনজন চুমপুনলিনা শগোল মরৌ নাইহন্দে, মানবীচক লৈকাও কাওরেল লেংবা শলসুং হুইতিকা নিংলমথিননা থালৈ মওম ফংনা লৌফাংনৈএ। মোমচু নুজা

---

যোমলিবা থুমনা চাহৎপগুম, অত্নুনত্রগা উচিনা উপুমমুংদা চংক্লুনা ফিমবক্তা মহুম শাক্লুনা মচা পোকনরনম্ন মহুম ওইরিবা ফ অত্নুবু চিকথৎপগুম অমস্রু মৈনা মাগী লৈকম ওইরিবা শীংবু তুম্না চাকখেকপগুম মশা মত্তোমদা চাকথৎচৈ।

১১। ফত্তবাম পুকচেল চুমদবা, শাগৈনাতৈথংনবা, ঐমভাইরে হাইনা নাপল তৌবা মপুকশেংদবা, মীনম্বা রা হাইবদি হুই অওওমনা মপু চকপগুম্না শোকচং ঙাওজংনবগী হৌনবা মথম্না থাকপা যেকনা লাংদা মথম্না থুজনগুম মথবাইমাংক্লুনা তোকই। তৌই-গুমসুং মপুকনিং তপথদবা মপুক যাংবা মাদি খুনম অপাকপদা হন্থে। পুকনিং তপপা অথাং কমবা মাদ মপুনশি মত্তোললোম্বা ফাওবা অচোবা খুনম ফংবা ঙমই। তাইবং মী ওইবা ঐখোইনা যাথং অমেংবনা লোম্লুকনবগা লোইননা অওকপা রাবু চুম্না হাইরবদি চেপশি পন্না অমেংবনা শীংজা পোংখোং লাকতুনা খুমশাংবা ঙম্বগুম্না থনক পুম্নক পাংহ। শঙ্গাই অপি শকনা নিংথিজরবা লৈজেং অমসুং খুংলাই শিন্নুকন চংবা পোংপুম্নক শাবাগুম্ন। কাটি লাংশোই পিশকনা শামু অচোবগী মরিলতকপা ঙমদ্রুনা তাইবং মীগী মীরোল ইলহনই। খুজি কোনজন চুম্নুলিনা শগোলসু মরৌ নাইহন্দে। শল পাযোং লাকপা শমপোং

ওইবিশিংবুসু থংলেল লাইওইননা থাচং য়োইনা হৈরবগা থংলেল মপুরোইববু শমু থংথুমচনৈএ—উনবী পুকনিং কমহোং লৈখিদে। য়াচুম অনোনবনা মচি লন মরূবু তাল কংনৈএ। য়াশোক মীমাং কমলুদে য়াইবী শিথিলাংনা থুঙমদে।

১২। য়ারম মতৌ অমদি পানবা কৈনা য়াংগোইকমদি খোইমা লাংবানচাও নাওহিংশানা লোনবদা কৈরেল মরাংকাইনা য়াংগোই, য়ারম অসি থংবা থকশি খোইমোম লাইওইনা থাশি পারি লাংগোই তমগুম চাননা পুকমানবনা খোৌরম পুকমাম্না উনবী পুকনিং মপাং-লকএ। থককী য়েংনা য়ারকনা থাগী য়েংনা য়াতেমনা, য়াম্মা ভাইবদি লাফুং লৈনা থা, হেবু ভাইবদি ফিবুল লৈনা থানা য়োইচাললো। য়াম্মা খৌশি খোলগী শমু খুয়াপাং থুরাই মতু কোকনা অয়াইকশোক লাংলবসুং তাংজলুতুং পাংনা অহল য়ুমলৈঙম্বদা কোলোই পাওতমনৈএ। অয়ালমন তৌফদে মচা সেবক নাইদবা গুরুকোলোই মিংথোংবু কনা খোলবিগবনো? য়ুমনাক চাদা য়ামদরবগা পিবা মরাং কাইদে। মরূপ লেংতিম্নববু নংতনা করি লেমজা লৈতে। মপাগুরু নাইদরবগা তুচৈএ। য়ারম অমদি মরাল লোলয়ুম য়ুমবু য়েংনা য়াহাইডেনে, তাংজা লিলাথিবু শিহনবা, লাংলেন

---

খোইনবা শাসু হইদিকা পিশকনা থিনহনা মঙম থুংনা লৌ ফাংনৈ। নুপী ওইবীশিংসু মপুরোইববু লাইগুমা নিংহনা সেবা তৌবা হৈরবদি মপুরোইববু থুহমচন্না পানবা ঙমই—মরামপুরোইবগী পুকনিং হোংখিদে। লোম্নকনবগা লোইননা অচুম্বা বা হাইরবদি মরূ ওইবা লনবু ফংবা ঙমজে। মীমাং কমহনা য়াশোকনবা লৈতে অমসুং থরাই মাংনবগী মশক ওইবা লাংদসু থুবা ঙমদে।

১২। পান্দম অমদি কৈ লৈবা মকমদি নাপী শোংই মাহই লোন্দুনা লৈ মরম অহনা কৈসু মরাংকাইনা লৈ। হাইবদি নাপীগী মপান কৈনা তাংই কৈগী মপাল নাপীনা তাংই। য়ারম অসি থংহনা মথককী মীবু লুনা নিং, মখাগী মীবু মচাগুমা চানহনা পুকচেল খোইচেল মাম্না লৈরবদি খোৌরম পুম্নমকতা পুকচেল মাম্নবনা চাওথং লকই। মথককী মীনা য়ারককনি মখাগী মীগী মমা লৌহনা বা লোইগনি। ময়াম্মা ভাইবদি কক থাহনা ভাইগনি অঙম অথৌ ভাইবদি ফিদা থাহনা ভাইগনি। মথককী মীগী পাখোল চংপদা খুয়া পাংলবসু থুরাইমতু কোকনা চংতুনা অয়াবা নংলবসু তুথম পাথবা

কোংঙোং য়াচৈংগুবু তেকহন্নবা খোইয়োম কোলোই মমিং থোংবু মিংলেন শিদববু নিংজরিবা অচুম্বিংগী খুন্নাইলেথোংথাদা পুকনিং হলথোক নাইদনা য়াইবী থোংহৌ য়াইথুংকম থোয়ুম লাইবু নিংবদা ঊনবী পুকনিং তনফরোইএ। লিলজেন মতুংইন্না চায়ইংলে।

---

হিগুনা লৈবা অহনদা পাওতম্বা হোঁনৈ হাইবা থংগনি। অন্নামন থৌকদে পোরবা নাইত্রবদা কনানা ওয়া হাইবা মিংথোন অসি থোনবিগবনো? যুমলাক শাগৈ চাওত্রবদি পিবা চাওজবা ওযদে। মরূপ লেংতিন্নদবদি লেম্বা লৈতবনি। ওজা নাইদবসু মীনা তুককচৈ। য়ারম অমদি মযুমগী য়েংনা হাইবদি মনুংগী য়ারম পুম্মক য়েংনা রা হাইগনি। লিমসু শিহনবা চৈংগুসু তেকহন্দবা লাইগী মমিংবু শোন্নীবা মীশিং অদুগী খুন্নাদা পুকনিং চেংথা চংহনা থন্নাইগী য়াইথুংফম ওইরিবা লাইবু নিংবদা তনফরোই। পুকচেল লিংজেল তিন্নবা যেংহনা চান্নগনি।

# বারোই।

নমু পোংলমচৎ থকশি কারলবা থাশি লিকলেংশৈবু লাইরেল মৈদিঙ্‌ শ্রীশ্রীযুৎ জয়সিংহ বৈষ্ণব লাইপোক শংশংবা ধর্ম্ম অভিন্না নিংথৌরেল বিচার ঝাখিনবদা পণ্ডিত মুপা থোকপা জ্ঞান চৈরোইনবা ধর্ম্মচেংদৌ শকওইনবগী শাহৈবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমাগী পামেল কল্পতরু উপালশিদবা য়েনগুম পুকনিং হয়াওকম্নু ওইনরিবা শ্রীশ্রীবিষ ছয়ামলকতগী অমৃত শিদা য়েনগুম্বা, চৌংলাই শাফুনবা, হেয়াচিংবা থাংগুম্বা নিংথৌরেল, কোইরেল কম্বাল তোংবা লোইবী থোংজাই গুম্ব, হুয়েল থম্বা ফাবা নিংথৌরেলনা কোইরেল ফম্বাল তোংবা লোইনাই কোবা চৌংথংথোম্বদি চোইনৌ সনা ফংকোং য়াইরংচালগুম মিংলেন মথোন তৈনা তুবি মুংনাং থোম্বনা লমলেন মদাইমা তাইবী লাংথবাল থোংজু য়াইরোকপা মগুমাং পাংয়াই চনম্বগী মকাইফম, য়োইবু মহা মায়ারেল লক্ষ্মী সতী অথোইবী তাইবং পলেমপীওইবীগী মেথলা স্নামথাংফম তানফম কাঞ্চিপুর লৈবাক মুঙাইবদা পোইরৈ পুম্নাতিম্না খুনদারিঙৈদা মদাইরেম লোইয়ুম মুংবাল য়াঙেংবা মাধবরাম লৌশিং মতমলকপনা উনবী লৈথল ললশিবা, ভিংগোই মালেম লৈমাই হোবা শমু খুয়াথাগী ওংরিবা পোম্বী লোনদম চেককুম পম্লৌ মাইওইনবা য়োইময়াই মুমিৎ থোইরেল থাংগুম্বশিংগী য়াকয়ৈ মহিরম্নু হোনঙমদা তুংচেং থমলৌ মচৈ খুলবু ইনঙমদা পোলশা হুমপিকপনা থোইমা নায়াহেপনা পাইবগুম য়ারম ইনজরকপনে নাবা অপিশানা লোইদাম থাজ

---

তাইব, মীগী লমচৎ মথকতা লৈবদা মথাদা লৈবনা, মথাদা লৈবনা মথক্তা লৈবদা অস্না চৎপা হৌনৈ হাইবা লাইরিক অসিবু শ্রীশ্রীযুৎ জয়সিংহ মহারাজ বৈষ্ণব লাইপোক ধর্ম্ম অবতার, বিচার হনজীনবা পণ্ডিত মুপা থোকপা লৌশিং চাওবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমককী মফমদা কল্পতরুগী মশক ওইনা পুকনিং পেলহম্নবগী মশক ওইরিবা হমরক্তা -মৃত লৈবগু-মলিবা চৌংলাইগুম থৌনা ফবা হেয়াখিনবা থাংগুম্বা কোইরেল ফম্বাল তোংবা থোংজাই গুম্বা থম্বা ফাবা মিংথোল মথং মথং চাওখৎপা নিংথৌরেলনা তুবী মুংনাং থোম্বা হাইনা কোবা নিংথৌরেলনা লমলেল তাইলা লাংথবাল থোংজু য়াইরোকপা মগুমাং, পাংয়াই চনম্বগী মকাইফম হাইনা কোবা অমসুং লক্ষ্মী সতী অথোইবী তাইবং পানবগী মনা

পাথাংববু শমু থুংনা লাককে থোদালবগুম, রাকচৈ হিহৈক্তবনা লৈরাই রাংমা লাননিংবগুম চেংলৌ মমিৎ তাংবনা মিংশেল শককোই য়েংনিংবগুম, খুউ হংমাত্তোনবনা চৌংলেন পল্লংলা অরাংববু কাননা লাম্নিংবগুম তাংজা মরৈলোম্বনা লাম্বা ইশৈ শকনিংবগুম তেংথা হোৌদোকচরকপনে। ক্রিথোাই থোইমলয়াম য়াথং থোয়া শম্বদি নারা লৌশিং ইহৌশানে থোইমোম লাইনিংব লংজা ভাকপিহৈবা নথোইনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ভাকপিও।

সুংবাল পুনশি ইরালনৈ, চারোল তরেৎ থোলমল লৈ, ভুরোল তরুক তানফংলৈ ফত্রে লৈশিলৈ, য়ামত্রৈ চাইশিলনৈ, চহুই কাংবা লৈবু লৈরাং থরোম শানা পীনরমও। হে অহল উঝাগুরুজন লাই ওইনবশিংও ইমাই নোংনেম লাইনপাং ইমনকৌবা চৌংথংলা পাংবরম ওয়া কোনশিনজরমগে। হরিও।

---

ওইবিবিগী সনাগী মেখলা থাংনপ তাফম কাক্কিপুর নুঙাইবদা মীতৈ পুন্নমকক্ষা লোইননা লৈরিঙৈদা মনাই রাহেংবা মাধবরাম তমথৎ লকপদা ঙাইবিবা, রাখল থেনবা, লৈপাকতা পকপা খুমাখাদা লৈশা তিঙ্গোই হাইবা নাপীগুম্বা, উচেক মচা মরোল তমথৎলকপ-গুমলিবনা, নুমিৎকী মঙান মক্কম লংবা লাইগুম্বা অহলনা (ইপাগুম্বশিংনা) হোনখিবা হিরমবু হোনবা ওমদনা নৌ চৈঙাক মথুনসু ইনওমদনা, উচেক পাইবা হৈফাৎ তবনা নাপী ময়া নকনা পাইবগুম মতু ইনজবকপনি। অঙাং অপিশকনা থা অরাংবা লামনিংবগুম, হিহৈক্তবনা তুরেল রাংমা লাল'নংবগুম মমিৎ তাংবনা মিংশেল য়েংনিংবগুম, খুকউকাং হিকতোকপনা চৌং অরাংবা লালনিংবগুম, মরৈলোম্বনা ঈশৈশকনিংবগুম তেংথাজরকপনে। হাইরোই দোবনা হাই হাইগদোবনা হাইদনদি অঙাংগী লৌশিংগুম্বা ঐগী ইহৌশানি। লাইবু নিংবা ঙাকপি হৈবা নথোইনা ক্ষেমা তৌনা ঙাকপিয়ু।

নুরাংগুরু পুনশিবগী মপুনশিদি চাংবাল তবেৎ ভুরোল তরুক ফাওবা লোমদে। মাগী পুনশি ফত্রবসু শিনবা য়াবা, য়ামত্রৎসু হাপচিনবা য়ানা অহুবু মপুন শানা পীনরমউ। হে ওজাগুরু লাইগুম্বাশিংও অরাংপাংবা মাইগরোমদা ইরুলকনা ইমাই ওজগা চৌংথৈ পাংবা মাইগৈ রোমদা কোনশিনজরমগে। হরিও।

লোইরবা।

# লাংলোনদা য়াওবা বাহৈগী অর্থ

অথমমীপোকপা—থোনা কবা।

অথোকাইবা—মাংবা।

অথৌ লাঙোললকপা—থৌনা কবনা মীগী মথবাই কাককলবা।

অপাম চেংলৌ মিথিংলবদি—অপাম্বা পোং উরবদি।

অপোকচাত্তা—পোকলকপা মচাদা।

অপোক লিইহ্—অপোক অসি

অবাং নোংনিংথৌমচা—অবাংবা নত্রগা অবাংলোমদা লৈবা, (নোংথক্তা নিংথৌ ওইহনা লৈবা) লাইগী মচা। অবাং পাংবা মাইপৈ অসি লাইগী লৈকমনি হাইনৈ।

অবাং শক লুত্তোংলৈ—শকগা লুত্তোংগদা পকপা তাইবং মীগী পুন্সি।

অবা হকলোক লাংলবস্থ—অবাবা নংলবস্থ।

অহল য়ুমলৈ ঙাম্বদা—য়ুমদা লৈবা অহলদা।

অহিং লিকলাং য়াইমকবু ওইনৈএ—অহিংদা লিক পুম্নমককী মক ওইবা য়াইবু ওই হায়বদি অহিংগী অরংবা অবাইমচাক পুম্নমকতগী থানা মক ওইনা ঙালি।

## ই

ইমন কৌবা চিংথংলাং পাংবরম ওন্না—লাইগী লৈকম চিংথৈ পাংবায়োমদা ওনহুনা।

ইমাই নোংনেম লাইনাপাং—ইমাই নোংথকলোমদা নেমনা য়েংলগা অবাংলোমদা ওন্দুনা ইক লুকনা অবাংলোমদা ওন্দুনা হায়বদি অবাংলোমদা ওন্না থুকমহুনা।

## ঈ

ঈয়িকলাই—ইশিংময়িক অকুপপা নোংময়িক।

বাংবা হাইবগী অর্থনি লাইমকতি কংনা বাংত্রিববু চীংখোং হাই। মাহ্নদি চীংখোং পোইবৈতোল নিংথৌবুদি চীঙ হাইনৈ মাহ্নদি চৈথাবগী মরোলদা "চীঙ অনিমগী মকুমশাদি" অসিনচিংবা যুববাজবুনা চীংখোং কৌই।
চীংলাই শাকুনবা = চীংলাইগুম থৌনা ফবা।
চেংলৌ = মিৎ, শকফম।
চেকলা = উচেক।
চোইনৌ = সনা।

## ত

তয়া = চাক।
তাইবংনিংশাপালগী = তেংবানবগী, সংসারগী।
তাইবী লাংথবাল = লাংথবালগী মমিংনি।
তাংজা = কোক, ইকাইবা।
তাংজা সিলাথি = সিল।
তাংজা লুতুং পাৎনা = লুখম পাৎনা।
তানফংদরবগী = ফংদববগী।
তিমেল = তা।
তুংজেং = হি।
তুগুম্বনে = অদুগুম্বনি।
তুবী = মতিক মগুন চাওবা।
তৌজ মতিকমন = তৌজয়কপগী মতুং ইন্না।

## থ

থংলেন = মবা মপুরোইবা।
থকশি = মথককী মীগী মকমদা অসুম্না চৎপা হৌনৈ হাইবা অদুবু থকশি কৌই।
থবা = থবানমচাক অমগী মমিংনি অয়ংবা অঙানবা পোৎশক থংহনবদা হাপনবা প্রমাণনি।
থবী = মুমিৎ থানচিংবা অয়ংবা গ্রহবু থবী কৌই।
থবী লোইতাম্বা = থা।

থবী শেজোইরেং অপানবদা—মুমিৎতগী, মুমিৎমরম লংবদগী।
থবাই গোল্লিংখিববু—থবাই চোংথোকখিববু।
থিরেল—সংসার অসি সৃষ্টি তৌগে হাইনা নিংশকপদা ইহান হানবদা থিরেল কৌবা মতুম অমা শেমগে মতুম অসিগী মমুংদগী ঈশ্বরনা থাক লাওনা চোংথোবকই। অসিগুম্বা মতুম অসিবু থিরেল মতুম কৌই ব্রহ্মাণ্ড হাইবগুম্বনি।
থোংজু ৱাইরোকপা মসুমাং—লাংথবালগী মমিংনি।
থৌদালবগুম—হোৎনবগুম।

## ন

নমু—মী।
নমু পোংথোক—তাইবং মী থোরকপা।
নমু পোংশেম্বা—তাইবং মী শেম্বা।
নাও হিংশানা লোনবদা—নাওছই লোনবদা।
নাফুৎলৈনা থা—লৈপাক নাপীনা থা।
নাম প্রকাশ মশেক অহুম—হরিনামগী বীজ শ্রীঅঙ্গ, অনঙ্গ, তরঙ্গ হাইবা ৱাহৈ অহুম অসিনা।
নাৱা—অঙাং।
নিংমৎ—তুংগী।
নুংনাংখোম্বা—ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মিংথোল অমনি। জয়সিংহ, ভাগ্যচন্দ্র, কর্ত্তা চীংথংখোম্বা, নুংনাংখোম্বা অসিনচিংবা অসি মহারাজ অসিগী মমিংনি।
নুংবান পুনশি ইবাললৈ—নুবাংগুক পুনশিবগী মপুনশি।
নুমিৎ খোইরেল থাংগুম্বশিংগী—নুমিৎ মরুম লংবা অমসুং য়াম্না থৌবা থাংগী।

## প

পন্সেম—মমা।
পন্সেম ইমুং শিলয়োমমুংগী—মমাগী গর্ভদগী।
পাইমা—লৌশিং।
পাইমা ইরৈচল—বুদ্ধি লৌশিং ফুম্বংনবা।

পাইমা থোকাওনদনা মুংওম্লথিএ = পুকনিং অকাওবা লৈতনা মুংশিনৈ।
পাইমা শিল্লেরোম্বা = লৌশিংথেনবা, লৌশিংগী থবক্তা মরৈরোমবনা বা ঙাংবগুম্না লং লং লাওবা।
পাংলোই নিকপা = অথোই অহেন নাইবা, চুমদবা।
পাখৌ = মমাম্লবা।
পামবা লোইনাই মনিংলোল = হৌদোং।
পামিংনবা = মপাগা মমিং মাম্লবা, মপাগুম্বা।
পামিংনবা মীরেলহক = মপাগা মমিং মাম্লবা হাইবদি মপাগুম; অহলবু মী অথোইবনি হাইনা নিংবা।
পায়োং কোৎফমতিং = কোৎ ময়েং তারকপা।
পাৎমাই চনবগী মকাইকম = লাংথবালগী মিংথোলনি।
পুকনিং ফমহোং তোইবদি = পুকনিং তোইনা হোংবদি।
পুকনিং মকিংনাইবা = লিংচেল চুমদবা।
পুনশি ইরালনৈ = পুনশি।
পোলশা হুমপিকপনা = উচেক মচা মশা কম্না হুযা ঙমদ্রিবনা।

ফ

ফকলাং লোনজা থেংকোইবনা = উচিনা।
ফত্রৈ লৈশিন্‌লৈ = ফত্ত লৈ + লৈশিল্লৈ ফত্তবা লৈবু শিনবা য়াবা লৈ, ফত্রবা পুনাশবু অফবা পুনশিনা শিনবা য়াবা।
ফমলেন লুচিং তানফংএ — ফমমেল ফগা ঙমই।
ফমলেন লোনগোই হৈরবগা = ( হৌদোং ) শারাক হৈবগা।
ফিদুল লৈনা থা = লৈপাকতা ফিনা থাদ্রনা।
ফোইবৌ কাদা = ফাদ্রনা থম্বা ঙমদনা।
( চেইনৌ সনা ) ফংকোৎ মাইবংচালগুম = সনাগী মথক্তা তন্দা থিলবগুম।

ব

বিচার বাথিনবদা = বিচার কুপথবদা, বিচারৗ মুনবদা।

ম

মকে হাথক্রক শিংদি= মচা কোকপা শিংদি।
মথং লেংনা থেৎতমলকপা =মথং লেংনা মথং শিৎনা থোরকপা।
মগুম শোইবা মিৎয়েংনা =মিৎয়েং চুমদনা।
মচৈ খুলবু=চৈগী মখুলবু।
মথৌ মরৎশিএ - মথৌ ময়েং তাথি।
মপল =মপা, মপী।
মপল পিশা চাবগুম =মপীগী মশা চাবগুম।
মপারি নুংজানবা =মচানুপা নুংশিবা।
মপারি হাথনা = মচা লাবা পোকতুনা।
মকম পেলউশা =মাগী লৈকম ওইবিবা উ মশা।
মমোম নাও নৌববসু=মচা ( অমোম ) পোকলবসু।
মমোম নুংওনবী =মচানুপী নুংশিবী।
মরাল লোলয়ুম =য়ুম।
মানবিচক লৈকাও= শম্পোৎ খোইনবা শল।
মালেম মপুংলাম্নহৌরকপা = পৃথিবী পুম্নমক হৌরকপা।
মিংলেন মথোলতনা= মমিং মথোল মথোল কানা।
মিৎয়েং চোইদা যামবদি =মমিৎ চোইবদি।
মীকাই কনানা =মী ফত্তবা কনানা।
মীবেল শাইনং য়োইপ্নমচাক =তাইবংমীদগী অথোইবা।
মুকমু হাইনৈ চোনবা =শললাবা।
মেখলা শন মখাংকম =খ্যাংনপ।
মৈদিঙু =মাঙেগী ইবুঙো, মীতৈ নিংথৌ।

য়

য়াইবী =থবাই।
য়াইবী খোংহৌ বাইথুংকম= থবাইগী লাককম অমসুং থুংলকম।
য়াইবীরেল শিদবা =থবাই অমাং অতা লৈতবা।
য়াওরৌ= শা।

য়াওরো শত্নং লুচাওবা =শামু।
য়াংলৈ= হুই।
য়াথং থোয়া= ৱাহৈ।
য়াবা =খোঞ্জেন. উপু, করিগুম্বা অমা .থাকত্রিঙৈদা হান্না থোরকপবুস্থ য়াবা কৌই।
য়ামদ্রে চাইশিললৈ= য়ামদবা লৈ চাইশিনবা হাপচিনবা লৈ। য়ামলকত্রবা পুনশিবু অমুক হাপচিনবা য়াবা।
য়াম্মা খৌশিখোলগী =মথককী মীনা পাখোল শিত্নবা।
য়ারেল= য়া।
য়োইওইবগুম =চাথোকপগুম।
য়োইচালও= থৌজানবিয়ু।
য়োইময়াই তাওদলবা =হুমিৎ।
য়োইরেলবা= অথোইবা।

ল

লফুৎ লৈনাথা =লৈপাকতা নাপীনা থাত্নবা।
লমলোই থোদাকখোন্না= মরূপ মপাংগী পাওতাকনা।
লাইজ ইবেলপুং= ইশিং অচোবা, সমুদ্রবসু হাই।
লাইজা লিকলা থকমদবনা =ইশিং মবিক অতৎপা নাইদবনা।
লাইবক খেলাই= লাইবকতা লাইনা ইরকপা।
লাইরেল= লাই অথোইবা।
লাইহুই হৌবকপা= লাইগী মতিক মগুন থোরকপা।
লাংবন তৌম্না তৌরিক লাইবু= লাংবন থাগী নিংথিজরবা তৌরিক মকম কুপ্পা লাইবু ( লাইগী মরূ )।
লাংলোল= লাংকম মথং মথং, লাংকম হাইবদি অবাবা থোকপা য়াবা, খুদোংথিবা।
লাকহৈ= চহি।
লাবা থিয়াং থোকনা =নুপা থোকনা।
লিকলি তবৈনুং =লিকলি অবংবা মনুং।
লিরেল তাংমা লাংনা= লিচৈ থাত্নবা ফুবা লাংনা।

লুমলেন = মতু।
লৈকু খমথেংয়াম = লৈকু লৈরাইদা তোইনা থেং।
লৈতাং পোম্বি = লৈতাংপাংতা তাবা উচেক।
লৈতোই খুদিচেল = খুদি য়ায়া থিড়্না।
লৈরাই হিফাইচল = লৈরাইদা হি পনবা।
লোললেম = য়ুম।
লৌশিং কোনচিন নাইবা = মপুকচেল শেংদবা।
লৌশিং নাৱা লৈদমপাল = লৌশিংদি তমথংলকপা অঙাংগুমলিবা।

## ৱ

ৱাইখুং ফম্বী থংদনা = ৱাইখুংফম থংদনা।
ৱাইবা = তেল।
ৱাইরা শাথোং অকম্বা = শাকম লানফম অকনবা।
ৱাকয়ৈ = হি।
ৱাচুম = অচুম্বা ৱা।
ৱাচুম অনোনবনা = নাপল য়াওদবা অচুম্বা ৱানা।
ৱাচুম চৈয়োইনববদি = অচুম্বা ৱা হাইবগা লোইনরবদি।

## শ

শংগাই য়াংনম অপিশানা = শংগাই (থাং জাৎ অমা) অপিশকনা।
শংলৌ = য়েঙ্গাং, থৌরাং, হোৎনবা।
শমু = হকচাং, খুৎ।
শমুখুয়াপাৎ = মখোং হবাৎনা।
শরি = ৱাশকপা।
শৱা = শো, ৱাইখুশো।
শৱা চিন্না হৈনা = মচিন্না থিড়্না।
শাইগং লৈহন কিদনা = শগুন তৌবা কিদনা।
শাগৈ ঙাইরি = শাগৈ নাতৈ।

শালশেম ঙমএ = শেম শাবা ঙমই।
শাহৈবা = মপোক।
শুমাই = শুমাং।
শূমদিন লুনাইদবা = মরু ময়াং পানদবা শূম হাই তিল।

সা

সনা কোনফুরেল = সনাগী অথোইবা কোনফু ( অনুবাদ য়েংউ )।

হ

হন্দক অমম খংলবা = মপোক অসিগী অমম্বা হাইবদি ফত্তব, পুন্নমক খংলবা।
হয়াহে = মীতৈয়োলগী লাইমিক অবীব' পুন্নমক হয়াহে নত্রগা হরি চা হয়াহে হাইনা হৌবনা নমই হয়াগী অর্থ অসি লাইবু খংহনবা নত্তনা অর্থ অতোপ্পা অমা খংহল্লি হাইনঙাই প্রমাণ য়াবা খুদম ফংদে। মরম অতুনা লাইগী অর্থ খংলনবনি হাইনা লেপচরে, লাই ওইরবদি হয়গ্রীব হাইবা ৱাহৈগী অপভ্রংশ ওইগনি। হরি চা হয়াহে হাইগদি হরি যা অত্ নত্রগা যা হয়াহে হাইবনি অর্থদি হরি হাইবা অত্ হয়া নি হাইবা খংহল্লি।
হলবাইরকপা = হল্লকপা।
হিজল হিনাও হৈতরে = হি হোনবা হৈতরে।
হয়েল = লালফম।
হৈজা অওই খিবা = ওইজা ওইথক খিবা, লন্নোলবা।




Printed at The Friends Union Press, Imphal